মনিন্দ্র কোন্সমগী

# চোইরোল

1993

কংখোকচবা

“পোকপিবা ’মদি লমজিংবিরকপগী
শিংঙমলরোইদৌবা লমন তোনশিনজরবা … …
ঈমা-পাবা অমদী ঈয়াম্বা অহুমগী মফমদা”।

ফোংজবা ঃ—

ব্রজ ব্রাংখৈরাকপম
সেনাই চান্দম লৈকাই
কাছার, আশাম ।

অহানবা ফেংবা খুৎনম ঃ— জুলাই ১৯৯৩

লাইরিক খুৎনম মশিং ঃ— ১০০০

O9,1MAN 513

নম্ফম ঃ— প্রোগ্রেস প্রিন্টরস
খুরাই লম্মোং বজার, ইম্ফাল।

G111/MAN

অমমল

ফংফম থোকপা খুদিং অইবগীনি

লাইরিক ফংফম ঃ—
কোনসম ওংবী থরোসংবি দেবী
খুরাই কোনসম লৈকাই, ইম্ফাল ।
অমদী অইবা অমমুং অকোংবদগী।

পাবিরিবশিংদা নোম্ভুচবগা লোয়ননা চোইরোলগী অরানবা

মরা মাংজোননা মংহজরে ··· ··· ভাকাসনাদা ।

| য়াওফম লমাই | পরেংমশিং | অরানবা | হায়জনিংবা অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ৫ | ৪ | শনা | সনা |
| ১০ | ১১ | ভীকটোরী | ভিকটরি |
| ১১ | ২১ | জোনোষ্টোন | জোনষ্টোন |
| ১২ | ৪ | শৈত্য | সত্য |
| ১৩ | ৭ | ১৯৮১ | ১৮৯১ |
| ৩৪ | ২০ | তানশিল্লবা | তাশিল্লবা |
| ৩৪ | ২১ | তিখীগান | তিনথিগনি |
| ৪৮ | ৪ | নরকার | সরকার |
| ৪৮ | ৯ | কাইথোকখীবা | কাইথোকখীবা |
| ৪৮ | ১৪ | জাত্রা | যাত্রা |
| ৪৯ | ২০ | ভী, আই, পী, | ভীঃ আইঃ পীঃ |

# ৱাহৈ খরদং

অকোংবদৈ :— মখল মথেলগী মচু কযানা নিংথিনা শাংলিবা পাক চাওরবা মাতৈ সাহিত্য লংকোন্দা "চোইরোল ১৯৯৩" শৈরেং নাচোম মচা অশিনা মকা লামনা শাংচবা ডমপ্রগস্থু, অইবগী চোইরোল ...... মশানা চাইবালনি খনজরবস্থু মতংগী অশাব, অযিংবা, অরাংবা, পুমিগী অৱাব, মুথাইবা, কাইনবা থুংনবা, শমাজগী পেন্দবা, অমোংপা, ৱাহৈ বাতাগী মুথাইবা শিংবুন পুম্নমক খব খরদী মমী অতুম তাই। অসিগুম্না চোইরোলশি মতু দমু অইবগী আশা তৌজবী।

—অকোংবা—

অইবদৈ : অহানবদা —একপ ব্রজবাংখবাকপম, চান্দম লৈকাই, কছার দা লৈবা Oriental Assurance co–Aizawl Branch কী D.O. এইনবু নৈগী ".চাইরোল 1993" ফোংদোকপিবগী তৌবিমল তোনশিনজ র।

অনিস্নবদা : বন নগী মতা দদি ইশানা পামজবা খব অমদী অখং অতৈ ওক্লাশিংনা কাকনারম খবান মযান তুযান্ন হনজস্ত্রে, অরানবস্থু মায় ম অমা যানখ্র, খবানঅশাইগীদমক পাবিবিবশিংনা পাওনাকশিবকউ মতুংদা চুমথাকচরগ।

অরাইবদা : — স্নুংগী কেল্লবা মতম মুমীৎ মঙানিখক্তী মমুংদা লাইবিকশিবু নমথোকপিবা প্রোগ্রেস প্রিন্টবস খুবাইগী ইনাও ইবুঙঙা খৌদাম কান্ত অমদা প্রেশকা অতৈ ঈচিল ঈনাওশিংবু পুকচেলশেংনা থাগৎচবি।

ইম্ফাল

তাং ২৪।৭।৯৩

—অইবা—

# য়াওফম তাকপা

## অহানবা মসুং



## অনিসুবা মসুং

অহুমসুবা মসুং

অহানবা মশুং

# সনা
# লৈপাক মনিপুর





য়াহৌরো তুম্লিবশিং
সনা মহী য়াহৌরো
অমত্তা ওইবা য়াহৌরো
য়াম্নরে যা-নত্রে য়াল্লোইসি
য়াংনা যাংনা যাংবিথক
য়ানমিন্নরাসি য়াইফলম
য়াংয়া চীংয়া তময়া
য়াইবু থীবা য়াইফবা
য়াওদ য়াদে য়াইফবী
য়াইফ কোন্নী যা-নসি
সনা লৈপাক মনিপুর।

## ২

থৌবা চীংমী তম্মীও
মনিপুর ঈমাগী মচাও
ঈমাগী পূকৈ থলহনবা
পরৈ কিশি কি-নরিবা
পুকৈ মযেং তাবকখ্রে
তাবো ঈমানা কৌরকখ্রে
নাওযোক লমন শিংলরো
অপুনবা পাঙ্গল উৎলরো।

তমদা ইচাও ইহৌরে
চীংদা লানমৈ মৈচাওরে
ইচাওদা চোংলে ফাজোলসে
মৈথুদা পীরাংলে মিৎলুসে
চীংমী তম্মী লেংমাননা
মৈকলল্লো ইচাও ইথিংনা
মিৎলু পীবাং কোকহল্লো
চীংগী নামিবা লুংশিৎনা
অমত্তা ওইবা উৎতুনা।

AIZAWL
18-5-92

## ৩

পারি লাইর অথৌবা
পুন্সি লৌরো অনৌবা
পাঙ্গল লৈরো অপুনবা
পাওবু লাওরো অফবা ।

পোৎলোই লাপলোই অথোইবা
পোরম লৈহল্লু অথুবা
পানশং লাংলো অশেংবা
পানদম লামলো চয়োবা ।

পাওরৌ লেংনু অরুবা
পাইদু লৈনু আয়ৎপা
পোৎতা লেপলো অরেপ্পা
পাংবা লৈবা অফংবা ।

পামগী লানমৈ অরাপপা
পনবু লৈরো অথীংবা
পাক্লা লাকত্রিউ অশোইবা
পুকচেল লৈনু চকিবা ।

পোইরৈ লমদম অপীশক
পোইনু লৌনী অশেংবা
পুনবু লেংলো অয়িংবা
পাংকী লাইজ অথনবা ।

পানা লমখায় অনিথোক
পানবা লাইরোই অকনবা
পারি লাইর অথৌবা
পাঙ্গল লৈরো অপুনবা ।

AIZAWL
10-1-92

# ৪

নাবকী শাইতোম নীংথি লৈ
শ থালবী পম্পাও মঙ্গংদা
শকাহৈল্লে মমিং মণিপুরং
চীংমী তম্মাশা মালং ওই
তোংশাংপী নংমী লৈমুংশি
তাইবংদা শীম্মা শন্দোকপী।

মন্দির মশজীদ গীর্জা
লৈশাং নংগীদি লৈনাশী
বলিদান ঈ না লৈচু শং
শিংডল লৈপাল ফংনবা
ফুকতংকনী নাপী শী বী
অপুনবা লীংজেল থোনানী
জয়গী অপুনবা থোন্নাওদা।।
লৈশাং লৈমন চনফদে
পোমশাং লৈনা কংফদে
নীংথম ওইরে রাকচিং লৈ
ওলাং ওইরে কালেন লৈ
বসন্তা থাচং লোইকদে
তাইবংদা নগুন তাকবা
লৈরী ঐথোয় চৌংমী তম্মী। ●

AIZAWL
19-11-92



মতমগী মনিপুর ঙকইকো নঙসে
ঙলাংথাগী রাংমদনু মৈচাক ... ...,
রাংম-রাংম খুংথাং লমজেল
শনা কৈথেল উমঙগী মী।
প্রজাতন্ত্র কা মতপ
কংলা লানপুং ছুইয়েন লানপাও
ঈম গী নীংথেম উপতা পুনতা
ঈগী মহাও নম্বর ফোর।
মৈরা পাইবী থোঞ্জেল খোনাও
থম্বালনু পেমচ ফিলম শুটিং
নীলম, ওম্ফাসনা শমাজ শিলা
কংলৈপাক্কী মৈরা শিমাম্ব প্রতিকা।
লৈকাই খুদিং পব্লিক লো এদমিনিস্ত্রসন
ব্রোজেন্দ্রগী লুহোংবা য়াররোই হচে শখি লৈররোই
মরাইবক থীরে লনজা পরশুরাম
রাকৎপা নংজদ হা কাম্মু খুৎপাক্পা শেং।
শনবনৈদা পানগ্রে নোংমৈ মরু
পোক্পাওবীনা ওনগ্রে পীস্তল রাইফল
তাংখ্রে মচু অবের য়াঙশংগী
শিনগ্রে নুংশং কংলৈ ঈ থেংনা।
লোক অনা কে কযা শরাক কয়া
লীডর শেম্পা লীডর, লীডর থুগাইবা লীডর
লীডর কয়া খোউলোয় কয়া মাচম কয়া
নংত্রে ডেমোক্রেসি ওইখ্রে লীডরক্রেসি।
চীংদা লানমৈ মৈশা মৈখুনা তম্পাক্তা
তমগী মৈচাক ... মৈশা মৈখুনা চীংমাইদা
মতমগী মনিপুর ঙকইকো নংসে
ঙলাংথাগী রাংমদনু মৈচাক ... ...। ●

AIZAWL
3-3-92

লমাই

# ৬

কাওব লৈচে কাওফাবা
মোইরাং থম্বা লাইরবা
পেকক মহী থক্লু
কৈরেল ফাবা ঙমখিবা
শলাং চনোন থক্লগা
নোংবান মুক্তা থাখিবা।

ঙসিগী লাইর ঐখোযদি
মীরম নপান তাংবদা
শকউংনা য়াংকঙলে
মীরম চেংগেন চাবদা
তুংনীং ফনা পংথরে
নোংবান লম্বা ঙমদরে।

চাওবা নোংথোন থুপখরে
লাহর ইদোম ঙাইহোরে
থোইবীনা নোংবান পামখরে
শেম্নুগী উপাই লৈখিদ্রে
মিপাইরবী থমনু ইচেম
মৈরাগী কালিনা মাইমুরবী
তুমদবনা চোকথরবী
মিংলু হৈরা ঈহোরবী
চরৈ ফিজোল মনজুনরবী
ঐখোয়দা লাওবি হোৌগংলো
উপাই লৈতে লাইরবা
তুহংপীবদা পংথরবা। ●

AIZAWL
Dec. 1992

# ৭

পংপাক পাক্লবা কংলৈপাক
পংরাং রাংদবা চাংলৈপাক
পামজ ঈরম সনা লৈপাক।

তম্মীনা চাংদা চেংথীলম
চীংমীনা শন্দনা খুনতালম
অরাং নোংপোক চাদায়লম।

কৈথেল নংগী খ্বাইরমবন্দ
লৈকাই নংগী থাংমৈবন্দ
মশিং তোইরে পেন্দ-বন্দ।

নম্বুমাং নংগী কাংচৈপুং
নাওয়োক নংগী মীহাৎপুং
ঙসিনা নংগী লাওনপুং।

মতমগী খুংশিং ওলাংবা
হুমত্রে ক্বাক্বা নামীবা
লেপত্রে মৈশা অশাবা।

লোৎত্রে লমফেল কোম্বীরৈ
থাবল লাংদ্রে থাবল্লে
খোঙ্গাল লান্দ্রে তখেল্লে।

মাংত্রে ঙাতোন অতেকপা
লোকত্রে কুম্বী অনৌবা
লীদ্রে ফৌরেল অরাবা।

অঙৌবা মকোক কংলামাং
কংলৈচা 'কোক লম্বী লমহাং
অকী খোল্লাও লমহাং-তুহাং
মিকপনা নিল্লে কংলৈপাক
অচীকপা লৈত্রে চাংলৈপাক
মমিংত ঙাইরে সনা লৈপাক।

AIZAWL
12-3-93

৮

চোইজায়নরবা মনিনী
লেংশিল্লসি লীক্লাং ওইনা ·· ··· লাক্লো
ঐ লাক্লে ··· ·· ঐসু লাক্লে ·· ··· ঐখোয় লাক্লে।
লাক্লো মীতৈ মচাশা
অপুনবা পাঙ্গল উংলশি
অনত্তা ওইবা উংলশি।
লাক্লো খুংশন্নবসি
অচৌ পিশক খায়দনা
অথোইবা মাইকৈ পাংলশি।

নারক্তা তাবা মনিগুম
চোইজাইনরীবা মফম খুদি
পুনশিল্লশি অমত্তা ওইনা
তাইবং শিন্না ঙ'লহননবা
লাক্লো মাতৈ মচাশা।

মাইচৌশিংগী পাওতাক কাওদনা
কংথোকখিবা অথৌবশিং শাংশিংন্না
থেংমিন্নচুনা লানঙম ফিরাল
লাওরসি মীতৈগী জয়
মীতৈ ঈমাগী জয়
মীতৈ মচাগী জয়
মীতৈ ঈমাগী জয়। ●

---

১৯৯২গী মেগী তাং ২৩ দা পাংথোকখিবা All Mizoram Manipuri Assn. H. Q. AIZAWL গী 14th Annual Conference তা শৈশেহো ঈশৈ ওইনা সুর পান্দুনা ময়াম পুন্না শকমিন্ননবগীদমক ইখিবা।

# ৯

হল্লকখোদা অথৌবা কংথোকখিবা কিদবা
ইতিহাসকী চেনাম্লুংদা নীংঙাইদনা থুপলিবা
হৌজিক্লা কৌরী হৌখ্রবা নংবু ।
ৱাংলিবা খোনানী অমম্বা মরক্তা
ঙাইরিবা লৌশাংনী অরাংবা মফমদা
ফংনীংবা লাংজেলনা নৈহংপীবা মতাংদা
ঙাইরীবা নংবুনী তুহংপীরবা ঐখোয়না ।
মতমনা খল্লী নহাক লাক্লনী
ঐখোয়স্ত য়েংলী নহাক্কী লম্বী
ইনজ-নবা অমুক নহাক্কী লমজিং
তমজ-নবা অমুক নহাক্কী মকংথোক । ●

# ১০

# "কংলাশাগী চোইরোল"

থুপচিনগ্রবা ইতিহাস নীংশিংনা কংলাদা। চৌংনা য়েংলিঙৈ
শংপ্রেক থংখি ··· কদোমদনো নোংমৈ মখোল
ওইরমাল্লে খনখি ইম্ফাল টকিজগী ফিলমগী ক্লাইমেক্সতা
য়েংশিল্লুবদদি ওইরমদ্রে অর্থ লৈবা পোস্তরনা হান্নগুম
নোকশিনবীরমলি লৌনম মিনোক অর্থ লৈনা ঐঙোন্দা
ইশানা ইশাবু কাওথোক্লো মঙোন্দ লুপলো মতাগুম
ইকাইজখি ঐ ইথননতা লৈপাক মীয়াম মমাংদা।
পন্থদনা লৈথোকখী ঈমাই প্রতাপ টকিজলোমদা
ওইরমগনী নিংতুনা বোম্বে হিরোশিংগী নোংমৈগী মখোলনী
অতুবু খল্লু,বতু লাল্লমলে ভীকটোরী প্রতাপ অনিদস্থ
নোক্লমী মিনোক হান্নগুম সুমহৎপী মন্দাকিনী, মাধুরি
ঐ ঙকখি চমন্নখি কদোমদনো কদাইদনো করিগীনো
জ্ঞান তাহোদে ··· শাইরেন মখোল ·· মীয়াম কাইনখি
মালেমনা ঈ চুপখি, মীনা কী-নখি, কপনখি, রা-নখি ।
ঐদি শাওনীংখি ··· লাওনীংখি করিনো লৈপাক মচাশা
লাওব নংহৌদে মপাল কাংজেবুংলোমদগী খংহৌদে
নাকোং য়েশিনবমখৈ লাওরকখি লুচিংবা অমনা
শান্তি, প্রোগ্রেস, এজুকেসন, ইমপ্লোইমেন্ট, দেশ সেবা
লাওবদা রা-নখি খোরাংবা পোক্লখি নীংশিংতুনা চংনখি
নিশাগী ময়াই, চীঙ্গাকী মঙ্গ'ও, সুমহৎপী শাথেক
ঊশ্রিৎপীরমদ্রবা ঐদি শাওনিংখি উৎনীংলকখি শক্তি ।

শাওবা নংছোঁদে জি-এম হোলদগী কনানো 'মনা অমুক
লাওরকখি মখনাও তংপমখৈ "শনজেনথোংগী থোংখাদা — "
ভাব তাহৌদে খন্নবা নংছোঁদে অমনা অমুক
"শেকমাই শেকমাই শেকমাই চমেল্লে" ' মশিনা করিনো
মিপাইজরবা ঐদি যেংজখি মাইকৈ মরি শিল্লা
উবকপদা ঐ ওকখি খাই লাওখি করিনো তৌবিশিবু ?
ফৌনাগী জগোইস্থ শারম্মী নামিবা মগী ভান্থাদা
লোক্লাক হীনাও ভাওরম্মী ইথক ইপোমগী শৈশক্তা
অছুগা অছুগা করিগীনো ঐগী নিং চোইরবরা
থোদা খুগাচংতি কদোমদা নোন্দবা কোকয়েংনা কদায়দা
কবি মতৌনো চোইবক্কদৌরে ঐগী রাখল ঙাইথো
জ্ঞান মাংলে ভাব তাদ্রে নুমিদাং ইচিল্লকখিসনু
হংজখিগে অমুক্তা ইনিংথৌ শামু ফাবদা।
হুংগৎচবা নংখিদে চৈবীরকখি শাওনত্তুম ঐঙোন্দা
নবিল পান্দবা থোংঙাকশা, নংনা থোংবু ঙাক্রিঙৈ
চংখিবদায় মীরমচা অঙৌবা মরৌ লৈবা শাহেবশিং
ঐ শংদে "' ঐঙোন্দা যেৎলকনু ঐ পোৎথাদে
নানথোকথ্রদি ফারিবা শামু অঙাওবা কৈথেল্লক
সনা কৈথেল খুাইরমবন্দ নৈথায়বদা মাংখিনী
ঈমা ঈবেল কাইখিনী মীরম মীনা নোকখিনী।
ঐগী অশাওবা তাইনখি জোনোষ্টোন শাহেবতা ওনশিন্দুনা
অশিংবা শাহেবনী লোন ফাওনদ্রবসু থংলদুনা খুম্নকখি
তপথোনে নংবো কংলাশা শাহেবকী মনিপুর নত্রেনে
ওইরবর্নি। নরমসে কাওবরা গান্ধীনা শেম্বা ভারতকী,

পেন্দ পুম্বা রাকৎচৌ গান্ধী মাগী মফমদা
তাবদা লাওখি ইকাইরপ ওন্দুনা ইমায় গান্ধী এভেম্ন্যু ।
শান্তি শান্তি কংলাশা ঐবু কৌরকখিগনু শান্তি
লোইদ্রী ঐগী দান্দি মার্চ লেপত্রি ঐগী শৈত্যগ্রহ
উবীদ্রবসু খংবীদ্রবসু তাবীদ্রবসু ঐদি লাওরি শান্তি
নংসু লাও শান্তি, তাবিদ্রবসু ইনবীদ্রবসু কনানা
হিংশাগী মচুনা ঙাংলক্রবসু মালেম শিন্না
নফম ইফম হোংফদে মতমনা লৈরিমখৈ
নীংশিংহন্নবা মীপুমদা শান্তিগী নীংতম মহাও ।
ঐ খুদক্তা লাওখি লৈবাক মচাশা অমুক্তা তাবায়ু
মখা তাবা নংজখিদে শাখিবা মন্থ-মপুনা
চৈবীরকখি হায় হায় কংলাশা লাংলিনো করিগী
তুম্বা য়াদে লাওগনু ঐখোয় পোৎথারি কাওবরা
কুইদ্রে খ'উ লাক্কদোবা আগস্ত থাগী তরাহুমদোয়
কেথবীশিংবু লেন্নগে পুরকপা কাওথোকখ্রবশিংদুদা
কুইদ্রে অমুক লাওরুগদোবা ঐখোয় লৈরি চোকথবমখৈ ।
ঐগী উপায় লৈখিদে কপ্পা লাওবা ঙমখিদে
অরাবা খাংখি অশাওবা নমশিনখি হা-হা কামদুনা
মাইকৈ মরি য়েংজখি ইদোম তুম্মিন নীংঙমদনা
তীংখং ওল্লকখি শহীদ মীনার খাংঙমলকখিদে
অদুবু করি লৈরি উপাইদী কংলাশা ঐগী
হোই ··· লাইবক্তা তম্বনী ঙাইরগে মতম লাকহন্নিংবা
ঐগী ইনিং তমজবা ঐনা লাওবা ঙমজবা । ●

লমাই ১২

JN. Hospital, Imphal
Nov. 1991

# ১১

নিংশীংজবগী য়েন্দাইদা নোম্ল কচবা লৈচল হাপতুনা
কচ্চরি ৬সি হে মীতৈ থৱাই নখোয়গী শান্তিগীদমক ।

কংলা ফম্বাল মুন্নই মচিন মনাও অঙম্বা
লৈপাক ইরাং থোকখিই অংগ্রেজ তাপ্পা ফংখিই
মীতৈ থৌনা উৎখিবা হে মীতৈ থৱাই নখোয়গী শান্তিগীদমক
অয়ুক্কীদি অঙনবা পুংজানা মণ্ডা তারমদাই মার্চকীদি কুনমরি
১৯৮১ অংগ্রেজ কন্থি উৎখিই
খাংডু থক্কা মাংখিবা হে মীতৈ থৱাই নখোয়গী শান্তিগীদমক।
লাকচ লাইমন হৌতুনা তিংেন তানা থিন্দুনা
গ্রীমরুদ অংগ্রেজ হাৎতুনা ফাঁশি শগাই কাখিবা
কজাও অকনবা হে মীতৈ থৱাই নহাক্কী শান্তিগীদমক ।
মপু যাথং তুংইন্না লীংজেল থৌনা উৎখিবা
ব্রিটিশ ফাগী ৱায়েনদা অশী লমদম পাংখিবা
নিরঞ্জন স্থবেদার হে মীতৈ থৱাই নহাক্কী শান্তিগীদমক ।
পলেন চাংজিন তমথাদা চাক্লা য়াহিপ তাল্লিবা
শের সাহ অথৌবা নংগী খোঙলোয় নীকুমাপন
মীতৈ পৌনা উৎলম্বা হে মীতৈ থৱাই নখোয়গী শান্তিগীদমক ।
উৎলম্বা থৌনা চাংমী তম্মীগী অপূনবা
কংথোকপা লী জেল তাক্লম্বা অশী থৌরি থুখিবা
চিরাই নাগা অকনবা হে চীংমী থৱাই নহাক্কী শান্তিগীদমক ।
মনাও চীংগী নাপোমদা নীংতম ঈশে শক্তুনা
ব্রিটিশ মায়য়োক্কতুনা অরোইবা য়াহিপ তানখিবা
মীতৈ মচা অথৌবা হে মীতৈ থৱাই নখোয়গী শান্তিগীদমক ।
পেন্দ ফীরুক খুমহুনা সনা কৈথেল ফৈদাপুং
খাংডমদা মীকপ মীরাওখোল পীরাং ঈৱোইনখিবা
মীরমচানা তুহৎপীগ্রবা হে মীতৈ থৱাই নখোয়গী শান্তিগীদমক । ●

Khurai
19-7-93

## ১২

চীংখৈ মশোং ফনলক্লে
নোংমাই চীংগী যাইফলাই
কোত্রুদা লাওখ্রে যাইফ পাও
পোকপা থাংজিং লাইওই-পা
লোক্লাক পাংতা লুপখরে
ঈন্নুং মনি থীখরে ।

লাইগী লৈপাক লাইরৈপাক
সনা লৈপাক মনিপুর
সনা মহী চেল্লিবা
গোবীন্দা কাংশি তান্থাদা
কংলা শাবু খোংলিবা
মিংকপ থোক্লো নীংঙাইদবা ।

নামিবা মালং হুমলীংঙৈ
লৈরাং লৈখোং শোমহৌশি
হৈরাং মহাও হাপহৌশি
লিবা শাফু কল্লকান
মাইকৈ মরী চীংলোন লান
হুমখিনবা লৈনম — মগুন ।

লাংথৈ তাইরেল হেক্তুনা
তীনবু তানশি কীদনা
ব্রিন্দা মকুম থুপতুনা
পাঙ্গল থোনা হাপ্রশি
লাইনিংথৌ লৈমরেন থাগোননা
হোইবু লাওরশি হৈ-হা… । ●

Khusal Garh (Raj)
12-10-86

# ১

ঐদী নোঙ্কীংখিবনি মুংঙাইমনখিদুনা
ব্রহ্মানা ফংখীদবা মপোক ফংলগনী খনবদা
'দুবু শেম্বীবা মপুনা হায়খী
হায় নোকপা য'দে কপকদোবনী
কাইন-নবা উনরুগদোবশি দুগীদমক ।
ঐ কপখি পেন-ন কপখি
অদুবু অহানবা উ-নবশিংদুদী
লোইননক মোমোন নে রুখী
ঐ লাক্লে হায়দুনা মুংঙাইনা
ঐদি কপখি নোকলমলীবশিংদুগীমক ।।

.. .. ... ...

অপোকপী মাগী ত'পাক্তা পুন্সি অমৃত ফংজখি
অপোকপা মাগী লমজীংনা তাইবং মঙাল উজখি
মপুনা পীবীবা যুমলেননী ব্রাৎপা কৌব লৈখিদে
থাজ-থরাননা উংপীখি শান্তিগী লম্বী হীংমীন্নবগী
কোরৌ মানা তাকপীখি কীদবা থৌনা পাঙ্গলগা
নাকেন-যেন্নীংনা তমবীখি ফংবা মহে অখাং কনবৈ
খল্লকখি ঐ করিগী কপলুবীবনো ঐ নোকপ হৌখী ।।

. ... ... .... ...



6111/Man

লৈচৌলনা কুপখি মালেম অতীয়ানা কপলকখী
স্বর্গগী লাইয়াম্না লাওরকখি জীব পানবনা কি-নখী
য়ুমলেনফুংদা য়ুম শা-নখি ঐগী মীগী নাইনখী
মীহৌনখী অমনা অমবু লেপতবা লমজেল তান্নখী
অরাম খোৌরাংবা পোক্লখি মপু মাবু কাওথোক্লখী
চৈ-নখী কপনখী নোকনখী নাকপাক-নাকপাক তা-নখী
ঐস্থ য়াওখী মীচং খোমখি মী ওইখী ॥

... .... .... ... ...

ফজবা অপামবা অহাওবা ময়াই অহুম পুনখি
ময়াইদ লুপখি পেননাইদন' তুমখি ইশাবু কাওখী
মঙখীবা মংলান নীংথিখী মংবগী পেনব নাইখীদে
অথোইবনি নিংখী অউবদা মুঙাইখী উদবা খল্লুদে
মতেং পাংখী খুৎশেম্না থৌনা হাপখী আশানা
মুংশিবদা লুপখী অপাম্বদা ভাওথি মীকপ থোকখিদে
নাপল কাখী ব্রহ্মান ফংঙমখীদবা মপোক ফংবগীদমক ●



AIZAWL
25-11-92

২

নিংথিববী মাইথোংনা
স্নমহৎঙগে মতাগুম
খোইরুম মোমোন ... ... ... ।।

লম্মাংনবদা অথাপ্পা মৈঙাল
অচাকপা মৈরীদা মৈরানবী
নক-নীংদবা কনানো চংখোনবী-নাক ।।

কাজলস্থু লুপলী মীংশ্নাদা নংগী
শিংঙেলস্থু কেমলী শমজীদা নংগী
মাংজরগে ঐস্থু য়েংচক্তনা নকাদা ।।

অঙাংবা মচুনা নোক্রী চীনবালদা নংগী
পোংলী অমুবা মচুনা শমলাংদা নংগী
ঐস্থু লেপ্রে তীল্লুরগে থম্মোয়দা নংগী ।।

অয়েকপা মুর্তীনা ইকাইজথী নতৌদা
শৈথাবা মাস্থু পেননাইথিদে নগুন্দা
মীথয়েংস্থু পেনথিদে শকত্তমদা নংগী ।।

ঐগী ইরাল করিনো খোইদাজবগী
নত্তে ঐদি মহাত্মা অপাম্বা থাদোক্রবা
মীনি ঐদী ফজববু পামজনা লাংচবা ।।

SRINAGAR (J & K)
20-12-86

# ৩

ঙাওরমগদ্রা বীশ্বামীত্র
মেনকাগী জগোইদুদা
ঙাওবীবশিংগুম ঐহাক্না
মোমোন মীনোক অমদা নহাক্কী ।।

খৌরাংলমগদ্রা নোংগোবী
ইঙা নোংহৌতা ঙাইজবী
খৌরাংলীবশিংগুম ঐহাক্না
নুংশি রাহৈ অমত্তং নহাক্কী ।।

তাওথরমগদ্রা তুরেলগী কৌশিং
কল্লবা ঈচেল ঈরৈদা
তাওথরীবশিংগুম ঐহাক্না
মপান নাইদবা নুংশি ঈপাকতা নহাক্কী ।।

থোক্লম্লবা থাজ চামমা
পুর্নিমা মঙাল লোইননা
লংলমগদ্রা ঙাল্লীবশিংগুম
থম্মোয়নুংদা শক্তমনা নহাক্কী ।।



KURSEONG (WB)
April 1974

# ৪

ওইরবস্থ মুঙগুম কনবী
শিন্নবীয়ু থম্মোয়দো
মুংশি শেরনী পাইদুনা
আশাগী মুংথং লোইননা
শকতম ঐগী হকচসে ।।

ওইরবস্থ নোংথাংগুমবী
য়েংবীরকউ মীৎযেংদো
লমমাংনবা লমবী উদুনা
পুন্সি চৈস্থ মুদুনা
নুংশি পন্থং য়োঁজগে ।।

য়াক্লবস্থ নোংখোংবগুম
তাহনবীয়ু নরাখোন
আশাগী পীরাং চাইদুনা
থম্মোয মযোল চোংহননা
পুন্সিগী বশন্ত ওইজগে ।।

হায়রবস্থ মীগী ওইগ্রে
থোগৎপীয়ু পুক্লিং
নিংবা কাইবগী মৈরীদা
হকচাং তুমন চাকতুনা
মথং মপোক ডাইজগে ।। ●



NEW DELHI
12-3-84



ওইনিংইদা মালংবা
নংগী শম্মাংদা শান্নবা
থম্মোয় হুবা ঙমদ্রস্তু
শমজী লৈনম হুনীদো ।
কল্লকইদা বিন্দী
লাইবকতা নংগী ঙাল্লীবা
মুংশি মীৎয়েং ফংদ্রস্তু
মীস্নানা নংগী খোয়দাবা ।।

লাইবক ফৈদা ফীজোল মপোক
মুংশি হকচাংদা লৈতেংবা
ইথুংনা শোকপা ঙমদ্রস্তু
মুংশি নংগা শগোন্নবা ।
ওইজবা ফংলবা মীৎকুপ থরা
নংগী চানবালগী অঙাংবা
পেনখ্রনী পুন্সিসে মাংগ্রস্তু
য়াবাদা নংগী খোইথুমবী ।।

NEW DELHI
June 1984



থরান মীচাককী লৈকোনদা
নাইতোম ঙানবগুম থাজনা
ঐগী থম্মোয় লৈকোন্দা
ঙাল্লীনে নহাক্কী মাইথোংনা ।।

পুক্লিংনা খোইদাবা
লৈবেল লীশিং লৈনমগুম
নহাক্কী মোমোন মীনোক্কা
সুমহৎলী ঐগী থম্মোযবু ।।

অযিংবা ঈথুৎকুম মরুভূমিদা শাববা
নহাক্কী মুংশিবনা ওইবী পুন্সি অমৃত
অরাববু কাওঙমবা অনোবা থৌনা হাপ্পীবা
কোকিলসু নংনী কালেনগী তাম্মাসু নংনী চীংনুংগী ।।

মরু যুল্লবা উপালনা
কযাম কুইনা শঙগনী
মরুদী পুন্সিগী নহাকনী ঐগী
অরেমবনী পুন্সিদী নহাক যাওদবা ।।

BATOTE (J&K)
27th Nov. 1986

# ৭

থাজগী থাবলদা মুমিংকী মঙালদা নংগী মীনোক
চেক্লাগী খোনজেলদা শিঙেলগী লৈনমদা খোইথুমবী নপাও
থাশিগী অহীংদা ইঙাগী নোংহৌদা নংগী শম্মাং
বসন্তা লৈকোন্দা শরৎকী হৈকোলদা নংগী মাইথোং
চুমথাঙগী মচুদা তারমদাই মশেকতা নংগী চীনবাল
অহাংবা পুন্সিনা ঐগীদা নহাক যাওব্রবা মুংশিবী ।।
... .. .... ... ... . ...
মীংশেং কয়া থাংলীদো পাম্মু নংগী বাখলদা
হৌনা মঙলান মঙলিদো নংগী মুংশি শংশারগী
মঙালনী ঐগী নহাক্না অহীং মুংথিল অনিগী
হংলমদৌই ঐ মালংদা নপাওবু পুবকপরা অঙাওবগুম
খোইবাংইদা পাম্মুবী পামজ নকাদা থুপচবা
অহাংবা পুন্সিনা ঐগীদি নহাক য়াওব্রবা মুংশিবী ।। ●



SRINAGAR (J&K)
11-12-86

চোইরোল পুন্সি

তাহনবীদ্রবস্থ মুংশি নম্বাহৈ
মীৎস্না নংগী লৈরীত্নদী ।।
মীৎশ্নানা নংগী স্নমহৎপিদ্রবস্থ
লৈনমদি লৈরিদনা শমজীলৈগী ।।
থুপহনবিদ্রবস্থ শমলাংগী মরুম
লাপনা মীৎতাজবী শমজী নংগী লৈরিদনা ।।
লোৎপিগ্রবস্থ মুংশি খংদনা
লৈরিদনা শক্তমদী থম্মোয়দা থাজগুম ।।

থম্মোযমুংদা লাৎচবা
নংনা থীংবা ঙমবরা
মুংশি মুংশি শোনজবা
নংনা য়েৎপা ঙমবরা ।।

চুখৎপিরমলগা মুংশি মৈচাক
চৎপিগ্রবস্থ নহাক্না কৈদৌগে
পাংগদৌরিত্নদী মতেং মৈচাকতুনা
ঐগী চীতানা চাকপদা ।। ●



নোংথাং ... ... ...,
পুমঙাল ... ... ...,
পুমঙাও ... ... ...,
ঐ পুন্সিদা নীংথৌ ওইখী ।।

নোংথাং ... ... ...
পুমঙাল ... ... ...
পুংমম ... ... ...,
ঐ কীখী খুদী খীজিনখী ।।

নোংথাং ... ... ...,
নোংখোং ... ... ...,
নোংহৌ ... ... ...,
ঈরাক্নখী পুন্সিগী ইচাওদা ।।

নোংথাং ... ... ...
নোংখোং ... ... ...
নোংলৈ ... ... ...
ঐ তান্নখী পাইগ্রবা আশাব



AIZAWL
28-6-93

## ৮০

অচুম্বা লৈই ... ...
অখোইবা লৈই ... ... ,
অকোইবা লৈই ... ... ,
শমদংনথি তুবং তুবং
অমগা অমগা ফং-ফাং
খোইড্রিং খোইড্রাং ... ... ,
অতৈনবা অশাংবা ... ... ,
লৈশিন্নথি যেংশিন্নখী ... ... ,
নকশিন্নথি লাপথোক্নখী ... ... ,
হনজিন্নথি হন্দোক্নখী ... ... ,
পুনশিন্নথি চাংমিন্নখী ... ... ,
মরক্তূদা থিরি ঐনা
করম্বনো লৈই পুন্সিগী ?

SILLONG
Aug. – 1972

## ১১

কাওঙমদবা মুংশিবা পেন্নাইদবা অপামবা
লোইনাইদবা অকীবা পন্নাইদবা অমম্বা
কোংঙমদবা অন্নাবা হৌঙমদবা অচাকপা
য়ৌঙমদবা থুংনিংবা ফংনিংদবা কাইনবা
খমনিংদবা অরোইবা লেপনিংনা লোইদবা
ঐ খংদ্রে করিনো পুন্সি নং !

মুংঙাইবগী ফীজংদা অন্নাবনা লোৎ
অবাবগী মরুমদা হরাওবনা থুপ
নহাক্কী চক্রিদা য়েংশিল্লবা ঐ
সুমদোকপিবমখৈ ব্রাখল মহী খরাইদগী
কংশিনবমখৈ মহাও য়াওদনা কেমশিম্মবা
অহুবু ঐদি থানিংড্রি পুন্সি নংবু
য়োঙমল্লরোইদোবা পন্থুং অমগী আশাদা। ●



Rajgiri ( Bihar )
March – 1975

# ১২

অঙকপনী খোংচৎ মতম নহাক্কী
পুবিরকই বশপ্তা পুবিবকই নাকেন্থা
পুবিরকখী মুংজু নোংশা মথং-মথং।
খোংচৎ নহাক্কী লেপ্পা লৈতে
পুবখী থোদোক কযা পুন্সিগী
থম্বীরম্নগা মমিশিংচুবুদি।
অয়িং অশা খাংবদা নহাক্কী
পীকশিল্লক্লি ঈযুৎ ঈবৈ পুন্সিগী
কংচুনা মাংখিনবা শোইদনা নোংমদি।
মচুম্থু কোকনাইদে শংবিবা নহাক্কা
কাওঙমদে মহাওম্থু ইনবীখিবশিংগী
অমমুক লৈরিববা ঙমদবা নহাক্কা।
পুবিখী অবা-নুংঙাই পুবিরকপা নহাক্কা
থুংনবা কাইনবম্থু তমবীরম্মী নহাক্কা
তম্বীরমগনি খংই অরোইবচুম্থু নহাক্কা।
লৈখীদ্রবম্থু পুন্সিশিনা পুবিখো নিংশিংবচুদি
নহাক্কী লোইনাইদ্রবা খোংচৎতা
তমবীরম্নবা নিংশিং থারিচু অচৎ অওকশিংদা।

—•—

Rajgari ( Bihar)
Feb. 1975

# ১৩

ইখুৎনা হুনজেকলম্লবী লৈরাং অমা
লৈশিল্লক্কৎনা পুন্সিগী ঈরৈদা
থেংনরুরে হনজিল্লকপা লম্বীদা
তারম্বা লৈমল চন্দুনা লৈমাযদা।

চৎনবী লমচৎনী চাওজরম্বা
অরাবা থংলুদবা থম্মোয়দা
ফাওরকখী নীংঙমদবা লৈরাংগী
তারকখী মখোল অকাইবা আশাগী।

থৌরাঙক্কুই খুনগৎলগে ইখুৎশিনা
লম্লবতুম থোকথ্রমাল্লে থোইনতুম মাঙোন্দা
চোইজাইনখিবা থংহৌদে কংলবা লৈনাশিং
উপাই অমা লৈখিদে ঐগী
থাজরক্কবা নত্তনা ইশানা ইশাবু। ●



AIZAWL
April 1992

# ১৪

কাওরগে খনহুনা নিংশাংবা থোকত-নবা
ওইরুবনী খোংলোয় নীশা নহাক্কা
ইমাংদহুম লেপলবে থল্লমবশিং কাওরগে
লক্কবিষগী মত্তাগুম্ম মীৎমাংদহুম নোক্লরে ॥

পিবিদ্রে নহাকত্তী কাওবগী মতেং
মৈচাক কযাহুম থম্মোযদা ওম্নমবা
চাকখৎলকলে মৈন্নী থোক্কা লেপতনা
থাও হৈবীগ্রবগুম নীশা নহাক্কা ॥

মমলবা থম্মোয়দা মৈচাকী মৈখুনা
তাকপীরদ্রে লম্বীদি নীশা নহাক্কা
অমমাংনহল্লে ঐবু মফম থংদনা
নহাক্কী স্নরুংদা পুশিনবীহুনা ঐহাকপু ॥

অশেংবা থোংলোইনী থল্লুবা নীশা
ওইরমলমাল্লে নহাকস্থ শকলোন অমা
কাওরগে থম্না নীংশিংদবগী মহুৎতা
থাদোকঙমদবা পুন্সিগী মচাক অমা ॥ ●

SRINAGAR (J&K)
7-2-86

## ১৫

অর্থ লৈব পুন্সিশিদা
ঐগী কনা লৈত্রবসু
খনজরুই ঈমিদি লেংদবনি
তাইয়োম্নরে নিংজরুবা
খনজরমবা লাল্লমলে
নহাকসু মরৌ লৈরমলে ।।

নুমিৎকী মঙালদা
থাজগী থাবলদা
ঐগী হরাও জগোইদা
মাসু থেকখী জগোই থুংথেক
থাদোকতনা ঐবু মীংকুপ অমা
অশেংবা লোইনবগুম পুন্সিগী ।।

ঙশি কোরৌ মঙাল মশেকপু
কুপত্রবশিদা অমুবা লৈচৌলনা
থোকলকখাত্রবদা থাজসু থাশীদুম্না
শোন্দরবা থম্মোয়না ঐগী
য়েংজরুই হন্না ঈমিবু
মহাকসু ঐবু থাদোকখীরমলে
মরৌ লৈনা লোইনবীরমলে ঐহাকপু ।। ●

J.N. Hospital (Imphal)
Nov. 1991

# ১৬

হে পুন্সিং　...　...　...,
করিগী কারি অমমববু
কীহুনা চেনখিনা অমমবা কযাদী
পীক্লবা মঙাল অমদা থাওমৈগী ।।

হে রাখল　...　...　...,
চুখৎলু থাওমৈ আশাগী
চেলহনখো অমমবা কযাবু কীহুনা
অচৎপা আশাগী থাজবা মঙালদা ।।

হে পুন্সি　...　..　..,
কীরুগন্থু মুৎথীনি থাওমৈ
শিৎলকপা নোংলৈ মুংশিংতা শংশারগী
ওইহল্লু চাওরবা মৈবুল শাফুহুদা ।।

হে থরাই　...　...　...,
করিগী কারি মৈশাবু
চাক্লকলবস্থু মৈরি থোক্লা
ফংগনী মপোক অনৌবা পুন্সিগী ।।

J.N. Hospital (Imphal)
Nov. 1991

## ১৭

তুরেলগী ঈচেলদা তাওথরিবা
হে কৌশিং নংদী থরাই পান্দবনি
খোইদাবা হীদেন লৈরমলোই
পোক্লমলোই অবাব লৈঙৌরবশিংগীসু
অনিংবা লৈরমলোই পন্থুংগীসু থুংলুদোবা ।।

ঐদী মীনি থরাই পানবনি
তাওথরিবা লেপতনা পুন্সিগী ঈচেলদা
লৈথজহৌগে ঙমলকত্রবা পামজবা হীদেনদা
য়াম্নকলী কাইন পাওজেলতক উন্নরকপশিংগী
খনদবসু ঙমদে মীৎকুপ অমা পন্থুংগীসু থুংলুদোবা ।।

অকনবা ঈচেলগী ঈরৈদা
তাওথরি নংদী নীংঙাইদনা
ঈচেল ঈরৈ মতুং ইন্না
জগোই শানা তান্থা চানা ঈথক্কী
লেপলবসু পন্থুং য়োৎহনা তাওখবা
নংদী থেংনরুনি লোইনরকপা
নরুপ নপিজা খরতংগসু শোইদনা

অহুবু কদাই পন্থুংযমহুদদী ঐহাক্কী
ইপাং কনা য়াওরোইদো
অরা মুংঙাইনা তানশিল্লবা
হকচাংনা তিথীগনি মালেন্দা
কাইন পীরাংনা চোৎলবা থরাইনা
পাইখিগনি অতীয়া লম মফম খংদনা ।। ●

## ১৮

শহর কয়া কোইকরে
খুঙ্গং কয়া য়োকরে
মফম খুদিং শাৎলম্মী
লৈবাং কয়া ফগাইনা
লৈকাদা ঙংহৌই থোইমুম্ম
সুমহৎপা ইশৈ শল্লুনা।
সুংডাইবা মংগুম হৌখি পুন্সা
মিৎকপ থোক্লদি মাংখিদোবা শোইদনা
মহাও থিখি অহেনবা লৈহীগী
মরুপ ওহল্লুনা থোইমুগা লোইননা
নিংশিংবা থোক্লনা কায়নরক্লবশিং
কাওথোক্লুনা তামহৌরবা ইরমদম।
হৌনশা মিৎকপ থোক্লকপদা মংলানগী মরুমদা
থম্মোয়গী কাচিন্দা লেপ্পম্মী কীখি কীরুম
তামহৌরবা কনাগী মক্লুবী পুন্সিনা
ফাওরকপা কাইন-চৈথংদা নিংশিংলকখী ইরমদম
রাখল অমগা লোইননা পন্থনিংদবা
পুক্লিং লেপখী তুমথররোই অমুক মংলান্দা। ●

Sundernagar (H. P.)
10-11-87

# ১৯

লমমাংনরিডৈ। নকাদা মিংকুপ খরদং পুন্সিগী
থুপচরগে খন্দুনা পুন্সিশিন। লোইদ্রিফাও
পন্থহুনা লম্মীদৈ চৎকদৌবা নিংঙাইদনা
মংলম্বনি মংলান অপাম্বদা লুপ্তুনা
তরাম্বা মিনোক্তা চিংনকুদনা নহাক্কী।
ঙসি অপাম নৈকোল নৈশাংলক
থম্মোয থম্মোস তিন্নবক নং-ঐ
পন্থুং মাইকৈ খুজেং পাল্লোইনগে কান
নতৌনা ঐঙোন্দা কংথোক্লবী নহাক্কী
খংহল্লকখি লম্মী চৎহৌদবা লমমাংনহুমা।
পিবাংদা যাওরকখি থম্মোয মচেৎ নহাক্কী
মচেৎশিংহুনা তিন্নখী ঐগী অকাইবা মরক্তা
থম্মোয অনি কোম্নখী থাদোক্লদনবা কুইনগী
মংলানদী চেনখী আশাবু তানহুনা চেনথ্রবা
ঐদি মাইকৈ পাংলকখি শেংনহুনা নহাক্কা।
নৈহৌরে নহাক্তি পুন্সি যাওদা মোমোন নোক
ইতুং যেংহুনা ঐগী যাইফবা আশাদা
ঐদি খোঙপাং কল্লকখি নংমা হাপ্পিবা পাঙ্গলনা
য়োৎনগে খন্দুনা যৌদ্রিবা পন্থুং অমা
সুংশিবনা থল্লবা ঐবু ঙাইহুনা নৈরিবা।
নৈহৌরোকো সুংশিবী পুন্সি মচেৎ ওইবী
ঐগী থরাইদা তিল্লবী ইথম্মোক্লদা পুল্লবী
শিংঙম্লোই পাম্মু লমন হন্দক মপোক
কাওদবনা শক্লগে সুংশিবীনি খঞ্জবা
পোলোই ফাওবা নিংজগে মথং মপোক থুংনবা। ●



Bairabi (Mizoram)
24-6-93

# ৬০

অমমবনা কুপলবা
চিংনবনা থল্লবা
ময়াগী শংসারসিদা
কনা লৈতে লমজিংবিনবা
হে শেন্দ্বীবা মপু নহাক নত্তুনা।
খাইবিবনি অমম অঙাল
শিনবিবনি অরা মুংঙাই
পোকপস্থু শিবস্থু
নহাক্কা থোজালনি
হিংজবনি পুম্নমক
নহাক্কী নকুম থুপ্পুনা।
খিকপিযু ঈরিক থোজালগী
তাকপিযু লম্বী মঙালগী
চিংখৎপিযু খোংফম পুৎথরবা
চংজরিবা তোল্লবা ঐহাক্কি
নহাক্কা য়োকপিবা ননাইনি
ঙাকপিযু পুম্নমক লংজখিবা
চিংশিনবীযু নখুয়া ফংবা লম্বীদুদা॥

AIZAWL
26-12 90

## ২১

হো থাজ নংবু য়েংলিবরা কুমহৈ
অবা-নুংঙাই থল্লবা পুন্সি কয়াগী।
লৈনম্না থল্লবা লৈকোলগী মচিদা
উরমগনী নংদি নুংশি চিল্লোক্লবসু।
খংলমগনি নংদি ৱানা খাংবসু
কাইরবা থম্মোয়না শিণ্ডুনা পিরাং।
মিৎকুপসিদা ঐদি তামহৌববী মাগী
নুংশি ৱাখলদা পোৎথাক্ষম খংদনা
থিজরি য়েংডুনা থাজ নংবু
মায়থোংদা নংগী, মাগী মমি তাবরা। ●

AIZAWL
10-9-1980

---

## ২২

নংদি চৎখ্রে পেনদবা কয়া পুডুনা
লৈক্লৌরে ঐদি মরক্তা নিংঙমদবা কয়াগী।
ফরে চৎলে। পন্দ' য়োৱো লাইরৈপাক
ৱাকৎ কয়া পুডুনা মাইথিরবা ঐহাক্কী।
হল্লকখো অমুক পুডুনা কয়া য়াইফবা
শুক্রমগে নংবু তরাম্ন' অনৌবা পুন্সিগা লোয়ননা।

'IN MEMORY OF MY FIRST BORN ... ... ..
24 - 10 - 77 — 6 - 12 - 1979

AIZAWL
12-12-1979

# ২৩

লংলা খরগী কুন্দো পরেং
নংদী মাংখরে মতমগা লোইননা
লৈহৌরিবদি থোকপা ঙমদনা
কৌশিদুনি পুন্সিগী পুন্সিনবীরম্বা ।।

লানঙম পুংজাও থিন্দুনা
লৈবাক মীয়াম মমাংদা
নুংশি লানঙম মনা লৌরকখীবা
মনাদুদী ওইরম্মে খুংলাই অমা
থা-নবা যাদবা পুন্সি লানকমগী ।।

পুক্নিংগী মংলান মংফাওনরে
ফোংলকলে নুংশি পাওখোঙ মথং মথং
চনবা হৌরে অমুক পুন্সি পাওখোং
ফোংবগী লোইবা নাইদবা পুন্সিশিমা ।।

ঙমখৈ নাইদে আশাসু
য়োব লৈতে পম্‌লুংসু
অবা নুংঙাই মরকতা
খংলকলে অর্থ কয়া নুংশিবগী
পাকথোকখ্রী লামফমসু অসুম পুন্সিগী
মাংখ্রবা কুন্দো পরেং নংগী কৌশিগী নমুংদা

BARAMULLA (J&K)
11-12-88

## ২৪

নিংশিংলনি অহীংচুদি পুন্সিশিমা
ওইখিবা অমত্তা ঐখোয় অনি
রাশক কয়া নাপ চীক
ফোংনখীবা পাওখোঙ অরোনবা
মংলান্দা মংলমবা পুন্সিগী ॥

হেংগৎনখিবনি থাজ থরানদী
লীৎশিন্নবা অলোনবা থোংনাও
য়েংনিংখাতুনা মতৌ নং-ঐগী
কুক্ষেৎ কাফেৎ নোকমি নোকমি
থম্মোয় থম্মোয় শিন্নরিবৈ নং-ঐ ॥

কোরৌ মাদী তুমখাবা
উংহৌররোই মতাগুম ঙাইঙমদা
হৌরকখিদো খংহৌদা য়াহৌদুনা
ম্বারৌখী কোরৌবু নং-ঐ
মাগী ঙাইমদ মতৌদা ॥

অতুবুনে ঈহকচাংদা তিল্লবী
কেরৌ মাবু খুরমজ নং-ঐ
নিজখীদো য়াইফ মঙ্গল
হুনখীবা মুংশি মরুগী অহীংহুদা
থাজ থরাননা শাক্ষী ওই ॥



NEW DELHI
11-12-1985

## ২৫

নিদ্রা কৌবী লাইরেম্বী
নতমপাকতা লোরোনে
ঐগী লাংলেন থোইবিশে ।।
হয়েং ইন্নুং ঙাল্লগা
কোরৌ হনবা উ-ননা
পুন্সি মঙ্গল নিদৌনি ।।
নোংদোন থবান মীচাক্লা
ওইনি নংগী লীক্লাং পরেং
খোংজোম নুবী তবেৎনা
ওইনি নংগী শমজীলৈ
পুর্নিমা থাজ মথৈনা
ওইনি নংগী নতালোই
খোমলেন তুমখুল তাল্লোনে
তাল্লোনে ...... তাল্লোনে ...... তাল্লোনে ।।
নংগী মীনোক অমদা
ঈন্নুং মনি তাওশন্নু
নংগী মীৎয়েং অমদা
ফত্তা পুম্বা মাংশন্নু
নংনা ঐগী থরাইনা
নংনা ঐগী শংশারনী
অরাব শরুক য়াওদনা
খোমলেন তুমখুল তাল্লোনে
তাল্লোনে ...... তাল্লোনে ...... তাল্লোনে ।। —

# ২৬

ঐগী কুদা কুপ্পা ফীদো হায়দোকলকনু
তুমলবানি ঐ মুংঙাইনা
নংবু নিংশিংবগী মচাক কয়া পুত্থনা ।।

হীংলিঙৈ মতমদা
মতাং কয়া খনখিবদো ঐবু চংশ্রশনু
ফীরুক থুম্না কপ্লকনু হীরু-হীরু
ঐ তুমবা কাইগনী ।।

নিংশিংলকনু কাওত্থনসু অমুক হন্না ঐবু
নংগী মালানদ লাকনি
নংগী মুংশি খোরাংলিবনিনা কুইনগী ।।

হায়শ্রররোই ঐদী
মুংশি মশক খংদবিনী নহাকপু
মতেং পাংলনি নংগী মুংশি মৈচাকশিনা
ঐগী চীতানা চাকপদা ।। ●



SRINAGAR (J&K)
24-3-87

১

মুমিৎশিংগী নোংমদা
রায়েন শংদা জমরাজগী
শীরক্লবা মন্ত্রি অমা
এমঃ এলঃ এঃ অমা মীরমলেনদৈ
থৌরাংলম্মী রায়েন্নবা ।।
হায়-হায় চীত্রগুপতা
হায়রো করি করিনো মরাল
এমঃ এলঃ এঃ, মন্ত্রি অনিগী
লাওরকখী জজ শাহেব ধম্মরাজ
প্রোজীক্যুতর চীত্রগুপতা য়েংহনা ।।
তাবীয়ু মি লোর্ড জমরাজা
প্রোজীক্যুত নম্বর রান মন্ত্রি
নোইরবশি চামনহনা অখেনপোৎ
হার্থ এতেকতা শীরকপশি
মানা ভোৎপু লেপথীদৈ
রাশক্লমবাপুম্বা প্রজা মাং
কাওথোকখী মন্ত্রি শুইরকান
মরাল চাওরে মন্ত্রিশে
লংথনীয়ু মৈদা নোরোক্কী
মপাপ পুম্বা চাক্লবা ।।
নম্বর টু প্রোজীক্যুত এমঃ এলঃ এঃ
কল্লক চাওগনবা পুকচাওবা
লাইরবৈ শেনজাবা পেন্দবশি
ব্লড প্রেশরনা শিরকপশি
মানা ভোৎপু লেপথীদৈ

কপশিন্না লাওশিন্না তৌথীবা
পুন্নমক কাওখী কারকান
মরাল চাওরে এম: এল: এ:
লংথবীয়ু মৈদা নোবোক্কী
মপাপ পুন্থা চাকনবা ॥
প্রোজীক্যুত তাবদা জমরাজ
হংলকখা মন্ত্রি, এম: এল: এ অনিদা
দীফেন্স কাওনেশেল য়াওদবা
করি করি হায়নীংই কনজনবা
লোইশংগী নিয়ম তুংইন্না ॥
থুমলকখী মন্ত্রি ওইবনা
জজ শাহেব জমরাজ
ননাইগী রাশকতি প্রজামাং
ঐনা এম: এল: এ: ওইরগা
হ'ইজবনি তৌজগে শেবা প্রজাগ
'তুবু লাইবক থীবা ননাইদী
ওইজখীদ্রে এম: এল: এ তরানা
হায কমান্দ য়াথং তুংইন্না
মন্ত্রি অতুম ওইজখ্রে
লৈজদে ইরাল ননাইগী ॥
হায়রকখী মথং এম: এল: এ:
পরার লৈবা জজ ইবুঙো
শকখী রাশক ননাইগী প্রজামাং
ঐনা মন্ত্রি ওইরগা
দেশ শেবা তৌজগে

লাইবক থীবা ননাইদী
ফংজখ্রে ওইবা মন্ত্রি
হায় কমান্দ যাথং তুংইন্না
এমঃ এল' এঃ তা ওইজখী
ননাইগী ইবাল ঙাকপীন্নু ।।
ধর্ম্ম চেনবা ধর্ম্মরাজ
জর্জগী তাংবল ক্ষমথীবা
তাথী মুন্না ৱাকং অনি
নিংখী চুম্মী মন্ত্রি, এম' এলঃ এঃ
তাথী ৱাই খুদকতা
তাও নখোয অনিমক
হনখ্রো অমুক মীৱমলেন
পোক্লু ওইনা মন্ত্রি, এমঃ এলঃ এঃ
শকথী ৱাশক ঙাকলকউ
শগী লৈপাক ফংনবা ।।
হবাওখী অনিমক ৱাযেনতুদা
হনমিন্নখী যাংনা মীৱমলেন
পোকখী ওইনা রাজনীতি ৱালা
ওইখী মখৌ লৈবা তাইবংমী
ৱাশক অনি শিনদোক্লখী
নিংবা অনি থুংনখীদে
ওইখী মন্ত্রিনা এমঃ এঃল এঃ
মন্ত্রি ওইখী এমঃ এলঃ এঃ নং
মরাল লৈতে হল্লক্লবা
ধর্ম্মরাজগী ৱায়েনশংদগী ।। ●

AIZWAL
7-7-93

তোইথোম চোইরোক

২

কাইদোরে সরকাব যা-য়া
নিংবা কাইনৈ মরাম অমা
কাইখাদে ঐগীদি মাচমনিনা
নরকার লৈ লৈতে কাইদবা ।।

কাইনখী থিকাদার রা-রা
মন্ত্রি যুমদৈ কাইদোরবা
কাইহৌনবা পৈশা অপনবা বিল
কাইথোক-নহুনা শরুক শরুক ।।

খংহৌদে ঐদী কাইখোকখীবা
শরুক ঐগী কাইরুক-কদোবা
কাইহুনা লৈরখী থৌরাং কয়া
কাইদনা শেমখীবা পরিং ওইনা ।।

ইকাই কাইখী লখী থোং
পুংকাই কাইখী জাত্রা মুং
ইকাইখীদে কৈস্ত মন্ত্রিদী
শিনখী পো কাইদনা ওইনবা
মন্ত্রি'হুম মথং সরকার কাইবদা ।।

লমাই ৪৮

AIZAWL
12-7-91

# ৩

ইরোইশেমবৈ শায়োকশংদা নোংমা
কপলম্মী শা অমা হীব-হীক
ইত্থুনা থেৎপা শারংগী মন্নুংদা
এন এনিমেল ফ্রোম জাপান ।।
অউবা খুদীং নুংঙাইখীদে মতৌদা
খননথুনা থাদোক্লকপননী লাপ্না মরম
ঐদী কল্লক পেনখ্বা মাগী মতৌথুদা
খংলুবনা অশেংবা মরাখল শাথুগী ।।
পোকনিম্নবনি মা-ঐ নহানমুক মপোক
মীতৈ ওইনা মনিপুরদা লাইরবা
মাদী খুরমখ্বী শেম্বিবদা নুংতি নুমিৎ
মনিপুরদা পোকতৈ শরুক হয়েংমুক মপোক
পোকহনবিয় ঐহাকপু শা ওইনা জাপানদা ।।
থৌজানবিখ্বী মপুনা মাগী অনিংবা
পোকখ্বী জঙ্গল অমদা শা ওইনা জাপানগী
'থুবু মরাইবক থাবদী নোংদমবদা
ফাথুনা মাবু জাপানগী সরকারনা
খুদোল তৌরকখ্বী শায়োকশংদা মনিপুরগী ।।
চাশনবগী রাখিদে অনাবগী কীখিদে
শেবারী ফংখ্বী ভী, আই, পী, গুম
লাইরবা কোকখ্বী নিংতমবগা শিন্নথুনা
নিংঙমদবা পোক্লকখ্বী মীরাইরুবগী হৌরকফম
রানা খাংলি লাওঙমদনা—"ঐ মীতৈ মচানী" ।। ●

AIZAWL
10-7-93

# ৪

কবি অমদা থংলে খনজরবা
হংলুই অমনা মালংবা করিনো ?
খুমলকখী কবিনা অহৈ-অপা
মরুপ অমত্তনি মালংবা নুংশিৎ
খেৎনবৈ রাতনি কবিগী রাখলদা
ওমচারুবা ওলাংথাগী মতমদা
লোনশিনদবা খোংনাওগী কান্নুদা
তুম্মীন ফমলিঙৈ খোইশাওনা
চংলকপা নুংশিৎনা লিরী হুম
থংফাও অয়িং, হুমাং হনজিন-কান
নুংশিৎতো ওইখি দো মীৎকুপতুদা নানীবা ॥

শিঙেল লৈরাং লৈকোন য়াই
পামজ কনাগী রাখলদা লুপ
চীরা মদোম ফম্নিকান
শিঙেল লৈনম লোইননা
হুমলকপা নুংশিৎ নামীবা
নাইতোম হকচাং খেৎলকান
চোংখীবা মীহুন খংহৌদা
পুক্লিং মথোই কাব মথৈ
খুদকতা ওনখী নুংশিৎতু মালংবা ॥ ●



KURSEONG (WB)
6-9-73